




অহানবা ফোঙবা : সেপ্টেম্বর, ২০০২

লাইরিক মশীং : ৫০০

অফোঙবা : কোঙ্জেংবম তবাজিৎ সিংহনা
কেগে খোর্জৈ লূপ, মোইরাংগীদমক

[illegible] : [illegible]

মমল : লুপা ১৬০/ ( লাইব্রেরী এডিসন )

লাইবক ফংফম : ১। কেগে খোর্জৈ লূপ, মোইরাং।
২। মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, বিষ্ণুপুর মশা।

# প্রসিডেন্টকী ৱারোল

"কেগে খোর্জে লূপ" মোইরাং না সাহিত্যগী লৈচল অমা ওইনা শ্রীএন বি কোঞ্জেংবনা ইবা সোনেট ৬৬কী লংলা অমত্তদা লৈ পরেংগুম লেংলবা লাইরিক অমা মীয়ামদা খুদোঙ্গরি। শ্রীকোঞ্জেংবগী 'নুংশি মকাদা' হায়না মিংথোল্লবা লাইরিক অসি 'কেগে খোর্জে লূপ' মোইরাংনা ইহান হান্না পুথোকচবা লাইরিক্নি।

লাইরিক অসিগী মরুওইবা উদেশ্যদি য়ুনিভর্স্যালিজম, পেনথিইজমদা নুংশিবা হায়বদুগী মেসেজ পীবনি। লাইরিক অসিদা রিদম, রাইম (টর্জা রিমা), ইমেজরি, এলিটরেসন অমদি অৱাংবা ভিজন কয়া য়াওববা নীংথীনা মচু লোক্লবা, মপূং ফাববা সোনেটকী লাইরিক্নি। অইবগী থম্মোয়দা থূপ্তুনা লৈরম্বা পূম্নমকপু মতিঙ লৈনা ফোঙদোকপা অসিমক্তা লাইরিক অসিগী মহাউ ওইহল্লি। মহাক্কী থম্মোযদা ফাওবা ঈথিল, ঈহৌ অমদি ৱাখল কয়াসিবু মীয়ামদা পাউদমজবা ওইনা 'নুংশি মকাদা' হায়বা শৈবেংগী লাইবিক অসি মীযামগী খূত্তা শিন্নজরি।

মোইরাং

তাং ১৫।৯।২০০২

শ্রীতোংব্রম ধনেশ্বর সিংহ
প্রসিডেন্ট
কেগে খোর্জে লূপ, মোইবাং

# থম্মোয়নুংগী ৱারোল অমত্তং

এন বি কোঞ্জেংবনা ইবা 'নুংশি মকাদা' হায়না মিংথোনবা লাইবিক অসি খূৎই ওইবিঙৈদা পাবে । খৌগংনববা চীম্বালদা ঈংলবা ঈবীক অমতং ফংবগুম খঙহৌদনা নুংঙাইবা ফাওই । খল্লি, ঙসিগী মীহাৎ মীপুন তোযববা, হিংবগী মহাউ যাওদ্রবা অমদি মীওইবগী লীচৎ খোঙগাওনখ্রবা মতমসিদা 'নুংশিবা' হাযবসিমতংবু মীওইবদা হঞ্জিল্লবদি খূদক্তা শান্তি হঞ্জিল্লক্কনি হাযবগী অচেৎপা থাজবা অমা অপাবদা পীননবা হোৎনবিবা বিশ্বশান্তিগী পাউজেল পুবা লাইবিক অসি মতমসিদদি তশেংনমক শিদহীদাকনি হাযবা যাই । মবম অদুনা কবিসিনা অসুম্না হাযবিঃ—

সনাই লঙ্কাদো তুল্লমদবা যাই  
নিংথৌ ওইবল্লবা নুংশিবনা;  
কৌবব শাগৈদো মূৎলমদবা যাই  
লংলা ওইবল্লবা চান্নবনা । (লাঃ ১১)

অদুবু অসিগুম্বা 'নুংশিবা' হাযবা তাঙলবা থম্মোযগী লনসিদি মপানগী কুযোমগী চাওখৎপগী অবং অবাক্তা মাঙখ্রে । অসিগুম্বা মমল নাইদ্রবা পোৎশক অমা মীওইবদা লৈজবস্মী হাযবা ফাওবা ঙসিদি নীংশিংনদ্রে । কনানসু অমুক হন্না ফংননবা হোৎনকুদ্রে । মদুগী মহে ওইনা ঐখোয ঙসিদি মৈনুংদা লংশিল্লবা লেমলৈ ঙাগুম ফ্রং-ফং চোংদুনা খাঙলি । যেংখি যেংখিবা মাযকৈ পূম্নমক্তা পূস্মম মমলি। মতমসিদনি এন বি কোঞ্জেংবনা মীওইবদা আশাগী মঙাল অমা পীবক্লিবা । অদুনা মহাক্না হাযবকই ঃ—

মীবক্তা মাঙখ্রবা থম্মোয অমা  
থেংনবে ঙসি থাপ্না উমংদা,  
'তৈদি থমখিসি, উবৈশিং ফাওবা  
শাৎমিন্নবস্মী ফৈবা অমদা ।। (লাঃ ২৮)

শম্না হায়রবদা, 'নুংশিবা' হায়বসি মীওইবদা হঞ্জিন্নবা ঐখোয় পূন্না হিংমিন্নবা তম্বা তাই। চান্নবা লৈমিন্ননবা হোৎনবা তাই। মদুগীদমক ঐখোয় ঐখোয়গী অকোয়বদা লৈরিবা মহৌশা খুৎশেমদা অমুক্তং চঙজসি। মাবু অমুক্তং মুন্না য়েংসি। মঙোন্দগী অনৌবা পারা অমা অমুক্তং তমসি। মরমদি, ব্লাখল খন্থবা হৈরবা মীওইবনা হোৎপু হোৎনরবদি মীওইবগী মাঙখ্রবা 'নুংশিবা' অমুক হন্না শোয়দনা ফংগনি। অচেৎপা থাজবা অসিগা লোয়ননা মহৌশা খুৎশেমগী ফজবা খঙননবা হোৎনরুবা কবিসিনা অসুম্না হায়রকই:—

থাবল, নথন্ত ঈংদেনে নঙদি
থম্মোয়সিবুসু ঈংহল্লি য়ৌনা;
শকফম শোনফম খঙজদ্রেনে ঐদি
মহী চেন্থোকহনখ্রবদা ঙম্না। (লাঃ ৩৮)

ঙসিদি ঐখোয়গী ব্লাখল পুক্লিং অমুক্তং শেংদোকপা তাই। মীওইবা ওইনা অমুক্তং হিংনবা হোৎনবা তাই। মতমদুদা নুংশিবা হায়বসি শোয়দনা লাক্কনি। মাগী লংলবা ঈথক-ঈপোমদা মীওইবগী পুন্সিনা তাউদুনা শান্নগনি। মদুগীদমক শেম শাবা অমা চঙই। ঙসিগী ঈখেংনা লৌখোং ওইনা চেল্লবা মতমসিদা শান্তিগী ঈরা চেন্থহন্নবা ঐখোয়গী থম্মোয়গী লোনশিনখ্রবা থোঙজাওসি লাওনা হাংদোকপা তাই। অমুক্তং খন্থসি, অমুক্তংদি হোৎনদুনা য়েংসি। মরমদি, এন বি কোঞ্জেংবনা নুংশিবগা মায়োক্লরুরবদা অসুম্না হায়রকই:—

পূক্লিংসে 'তিয়ামুক লুবা মতমদা
নুংশিবা! নঙ লাক্লমই, লাক্লমই;
অহিংগুম পূমচীক চীক্ল তাংলৌদা
লোন্না নহাক লাক্লমই, লাক্লমই!

নঙগী পাম্বোম্না চেজেৎ কোনবদা
পূম্নমক ঐ কাউথোকখি, কাউথোকখি;
থম্মোয়সে নুংশি ব্লারী তাবদা
খঙহৌদ ঐ পাথোকখি, পাথোকখি!

*শম্মা হায়রবদা এন বি কোঙ্গেংবা নুংশি পাউজেল পুবা বিশ্বশান্তিগী* মঙ মঙবা কবিনি । মহাক্কী শৈরোল অসিদি অপাবশিংগী নুংদা চঙশিন্নবা হোৎনবনি । মদুসু য়াম্না থোৎনা-মেঙনা । ব্রাখল খম্বুবা ঙম্বা মীওইবদা করিগী ঈখেং তাহল্লুগদগে করিগী অকনবা খোল শীজিন্নরুদগে হায়বা অইবগী ব্রাখলগী ফিরেপনি । লুবিবদি, মীওইববু অমুক্তং ভাব তাহনবসিনি । মদুগীদমক ঈংনা তপ্না ব্রারী শান্নবা অমা চঙই । কবিসিনা মীওইবগী নুংদা চঙশিল্লক্তুনা মীওইবগী নুংদা তূমদুনা লৈরিবা ইথিল অমা য়াকায়হন্নবা হোৎনরি । মসিমক্তা মহৈ য়াল্লবদি মালেমসি কয়াদা নুংঙাইবগবা !

শ্রীকোঙ্গেংবগী **'নুংশি মকাদা'** পরেং ১৪ / ১৪ না শাবা মাত্রা ১০ গী ব্রাহৈগী লৈচন্না নাচোম শেম্বা শৈরেংগী লাইরিক্নি । মণিপুরী সাহিত্যগী পুক্কৈদা নৌনা হাপচিল্লকপা সোনেটনি । মরম অদুনা থোৎনা-মেঙলবা শৈরোল অমগা লোয়ননা কবিসিনা নুংশিবগী শৈহেক ঙংবনি । ঙসিগী মীওইবনা তাবিবা ওইসনু। মালেমদা শান্তি হঞ্জিল্লকপা ওইসনু । মীওইবনা মীদা মী ওইনা অমুক্তং হিংলকপা ওইসনু । নীংজবা অসিমা পুক্নিংদা চেৎনা থমজবগা অইবা এন বি কোঙ্গেংবগী **'নুংশি মকাদা'** কৌবা মণিপুবী সোনেটকী শৈবোল পুবা লাইবিক অসিগী যাইফ থৌজাল পীনবিনবা তাইবঙ মপুদা থৌনিজবি ।

ইম্ফাল

তাং ১৬।৯।২০০২ ইং

— ডাঃ লনচেনবা মীতৈ

# ৱাহৈ অমনীদং

মীওইবা য়াওনা অচৎ-চত্ত, লেঙলি-পাল্লিবা জীব পুম্ববু মতম চুপ্পদা কোন্দুনা থল্লিবা প্রকৃতিগী অচেৎপা লীপুন অদু নুংশিবা ওইনা থম্মোয়নুংদা কন্না ফাওরকই, অদুগুম্বা লীপুন অদুনা তৎখিবগুম তৌরকপদা— মীওইবগ-মীওইবগা লৈনরিবা মরী অসি প্রকৃতিগী নিয়ম ৱাংমা লান্না য়াম্না থাপ্নখিবগুম তৌরকই। মতাং অসিদনি ঐবু কন্না মঙ মঙহল্লিবা, নুংশিবগী মঙ; মহৌশাগী লীপুন তৎহন্নীংদবগী মঙ। নুংশিবগী চীক্লবা থানুংদা উরকই— চান্নবা, ফজবা, কখোকপা, শম্বল ৱাংমা লানবা, ঈংথবা, শান্তি। ঈশ্বর নত্ত্রগা প্রকৃতি নত্ত্রগা অচীকপগী গর্ভদা নুংশিবদি মরাং কায়না উই। খবদং লূপথরুবা মীকুপ্তা মরেপ পুম্বা শং শং উরকই। উচেক, লৈচিল, উপান-ৱাপান, চীং,পাৎ, তুবেল, নুমিৎ, থা, থৱানমিচাক— মশা মশাগী কান্নবা ইনৎ নত্তনা মীওইবগী উপকাব তৌনরম্বা থেংনৈ। উচেক্না চীংলোন লান্না পাইদুনা মনীং তম্বা উৎলম্বা থেংনৈ। উপান্না তুমিন্না লেপ্তুনা থবক্না গীতা পারম্বা থেংনৈ। থাবলনা শম্বল লান্দুনা ঙমখৈ নাইবা মীওইবগী পূকচেলবু নুংশিনা লক্লরম্বা থেংনৈ। থৌরাঙ পুম্বা মনুংলোমদগী য়েংলকপদা নুংশিবগী নুংশিবা ঙাক্তা, নুংশিবগী পোৎশক খূদিংমক্তা তারিবা ফজবগী মমি ময়াম অমা ৱাহৈনা লাম্বা ফংদনা নুংওনবগী মনুংদা লয়শীন্দুনা লৈখি, নুংশিবনা মীশক পাল্লক্তুনা থম্মোযনুংদা লেঙশীল্লকই— লৈখোঙ শোল্লিবা মালিগা লৈপান্দা শাৎলিবা মালিকাগা অমত্তা ওইখি, অমগ-অমগা লোন ফাওনবগুম তৌরকই, থম্মোয়নুংদা লোত্তুনা থল্লম্বা ফজবগী মবল পুম্বা অমন-অমগী মফমদা খাকউবা লৈতনা কৎনবকই। অদুবু পুম্নমক অসি মঙনি, মঙনবু তাইবঙদা করি ওইবা হৌনবগে ?

হৌজিক পুম্নমক লৈববা মীওইবগী থম্মোযনুংদা য়াম্নমক তাঙলিবা নুংশিবগী মনাক্তনি ঐনা চৎলিবা। নুংশিবনি মনুংদা উনীংবা সভ্যতা। তশেংনা

উরিবনা ইরাঙ লাঙবা, চনীং তাদবা । মীওইবগী চাওখৎপদা নুংশিবগী মফম পীদবা। শান্তি পামজবা থম্মোয়গী পোত্থাফম লৈরক্কবা । অদুবু অুমক্তংদি উনীংলি নুংশিবনা নোকপা ইমাঙমক্তদা ।

নুংদগী লোল্লকপা চোইরোন্তনা লাইরিক অসিগী মপুঙনি, ব্রারী লৈতে, য়াঙলেন শরূ য়াওদে; খঞ্জরুবা পূন্না নুংশি পীবুক্লা নুংশিবা ওইনা লৌখৎচরুবনি; মপান নাইদ্রবা মহৌশাগী লৈরিবা গুণশিংগী মরক্তগী অমত্তং লৌখৎচদুনা হঞ্জিন হঞ্জিন ইচীন থীজবনি, 'নুংশি মকাদা' হায়না, অরান অহুই য়াওববসু তাথীবীগনু ।

ঐহাক্লা নৌনা সাহিত্যগী লমদা খোঙদাজবকপা মতমদা— ঐহাকপু নুংশিনা লমজিং-লমতাকপিরকখিবা, অনৌবা থৌনা, মঙাল কযা পীবিবকখিবা, থোইদোক্লা পুন্সিদা কাউঙম্লরোইদবা ওঝা অমদি তৌবুলদগী শ্রীসলাম তোম্বনি । ঐগী হন্দক্কী লাইরিক অসি পুথোক্লবগী মতাংদসু ওঝাগী দান কযামকম লৈ, মদুগীদমক ওঝাগী মফমদা ঐনা পুন্সিদা শিংঙম্লবোইদবা লমন কযা অমা তোনশিঞ্জরে। চিল্লবা মতম কযা কাইথোকপিদুনা লাইবিক অসিগী মবমদা মমল য়াম্লবা ব্রাবোল খবা ইবিরকপগীদমক ওঝা লনচেনবা মীতৈবু হাযনীংঙাই লৈতনা থাগৎচবি। কেগে খোর্জে লূপ, মোইবাংনা লাইবিক অসিবু ফোঙদোক্লবগী থৌদাং য়াবীবগীদমক লূপ অসিগী ইচীন-ইনাও, মব্দপ মপাং পূন্নমক্কী মফমদসু তৌবীমন খঙবা উৎচবি । লোযননা সুচেতা প্রিন্টিং ব্রার্ক্স, লোকলাউবুং, ইম্ফালনা অথুবা মতমদা লাইবিক অসি পুথোক্লবা হোৎনবীখিবগীদমক প্রেসকী প্রোপ্রাইটব অমদি ষ্টাফ পূন্নমক্কী মফমদা থোইদোক হেন্দোক্লা থাগৎপা ফোঙদোকচবি ।

অবোইবদা নুংশিবীদুনা তেংবাংবিবকখিবা, থবক্লা, ব্রাহৈনা ঐবু তত্তনা থৌনা হাপ্পিখিবা পূন্নমকপুসু ঐগী পুন্সিদা কাউবা ঙম্লবোই ।

মোইরাং

তাং ১৫।৯।২০০২

— এন বি কোঞ্জেংবা

## কচ্চবা
(লৈখিদ্রবীঃ কোঞ্জেংবম ওংবী লোইদাংয়াইমা)

হৌজমন ঙমজরেনে শাৎচবা,
ঙমজদ্রি শিংজবদি থাজমন;
পোকচমন খঙজরেনে নুংশিবা,
ঙমজদ্রি কচ্চবদি শোমজমন !

লৈরিবমখৈ পৃথিবীসিনা
লেঙদরি পলেমসু নচাই নাক্তা;
লয়রি লেপ্তুনা পৃথি' খোঙচৎনা
য়াওরি পলেমসু মনুং অদুদা।

ঋতু ঋতুগী উসব খূদিংদা
থোরক্লি পলেমসু তর্পন কৎপা;
নুংনৌজে পলেম্সু 'মুক উবদা—
হেঞ্জেনে পীবুকচা হেঞ্জুনহা !

ঙানবীরি থুংনা নচাই অকোয়বা,
কচ্চরি নফমদা লৈরাং'সিমা ।

— তোল্লবা নচা,
এন বি কোঞ্জেংবা

## ১

মুত্তবি মমি মোংবা মঙলুথেল
মউবি মীনোক মেঙনা মঙলান্দা;
মৈরাইবে মৈনা মোম্নু মথংলেন
মহাকথং মুৎত্রে মৈচাক মৈবক্তা ।

মবাক্লো মাঞ্জ মঙথুম মঙহেনবা,
মক্রুবা মিবেন মদোম মাঙফবোই;
মেঙখিনি মীনোক মেঙনা মাঞ্জকাঃ
মঙজংজৈ মালেম মপুই মমোম্লোই ।

মনৈজৈ মালং মোম্নু মগাইকা,
মালহৌবে মালেম মঙথুম মঙফাওনা;
মঙনজৈ মঙলান মালি মালিকা,
মহেঞ্জৈ মপৃক মঙলু মউনা ।

মপীনৈ মবল মখাক মথমদা,
মহঞ্জৈ মবল মচিং মখাক্তা ।

২

নুংশিনবা ঝায় মীরমলেঙ্গিদা
মচীন-মনাও ফাওবা পোকমিন্নবা;
হিংমিন্নবা লুই তাইবঙপাঙ্গিদা
মীগ-মীগা ফাওবা য়ুমলোন্নবা।

কবি হায়রুনি মীচাবোক্কীদি
শুকঙম ঙমদে নুংশিবা শারুবা;
করম শোল্লুনি মীতোপচাগীদি
শুকওই ওইদে চান্নবা হৌরুবা।

কৃওবা হেঞ্জিল্লক্লি মংলম্বা নোং
য়াররোই 'তিয়াসে নীংখায়দবা;
তাউথোকহল্লরনি আঃ নমু পোং
লাক্লনি ঈচাউ সমুদ্র পাব।

মীশি মীনাপাউ, মীকপ-মীরাউবা
অঙাং নাউয়েক্লি নিল্লি খোংলিবা।





৩

লালহৌখ্রে তোযনা নেম্নেলিজমগী
কাউখি বিশ্বপ্রেম জাৎকী নাপলনা;
শোক্লখ্রে লাঞ্জাও কযা ধর্ম্মগী
খাবমই কোযনা 'ঐ'গী চেকপলনা।

ঙাওহনখি ঐ মযাইনা ঈশ্বরগী
লৌহনখি 'মী'বু তোঙান-তোঙান্না;
ওইজখি খব্দং পুবান কযাগী
উহনখি মালেম মশেল-মবাংনা।

অবোইবদা উখি ঙকখ্রবা 'মাঃ
মশাই চবম মশানা মেত্তুনা
হাইহত্তুনা তাবন্বা মীওইবা,
ফমশেন্নবম্মীনে নুংশিবনা।

থীকপীযু ঙসিদি নুংশি ঈবিক
খাঙলিনে মালেমসে তনি তনিক।




৪

ইথন্ত ফমলম্মী অচীকপদা
তারম্মী নাকোংদা খোল্লাও খরা ঃ
ইরম ঙাকসিদা, ইনাৎ কনসিদা,
লিংলমসি কল্ল' ইজাতি অমা ।

মথন্ত ফমলম্মী অচীকপদা
পোক্লম্মী মপৃক্তা ব্রাফম খরাঃ
নরম ঙাকউদা, ননাৎ কল্লুদা,
শেল্লম্মু চাউর' নফূরুপ অমা ।

পোৎশক অমদি সুম পীকশিল্লকই
'তিয়া-মরেপকী চাউর' মাইযোক্তা;
নুংশিনৈ চান্নৈ অদুম ইবানি
শম্বল অমদি খারি মরক্তা ।

হৌরম্মী লৈপান শম্বল খায়দুনা
য়েল্লম্মী লৈনম শম্বল লান্দুনা ।





শান্তিগী মফম পীদবা শিক্ষা
ফংলি মঙালদু ঙসিগী কোক্লা;
নুংশিবৈ মথৌ লৈতবা বিদ্যা
হেক্লি মহযদু ঙসিগী খৃংনা ।

থৌবী যান্নিংবা দলান মনুংদা
কৌনিংদে মদু শেংনা নুংঙাইবা;
থব্রায লুমদবা খাবি লমজাওদা
হাযনিংদে মদু শেংনা চাওখৎপা

পীনবি শান্তি তাইবঙ মপুনা
লৌশিল্লি তাইবঙনা যেংথীনবা;
যেনবীবি প্রেমদি ধর্ম খৃদিংনা
পাম্নবি লান্তবু 'সুক তমথীবা ।

মপৃক্লিং নুংশিজবি নুংশিবা
যাওহনবীদবৈ মীওইবৈ সেবা ।





## ৬

খক ওইজনিংদ্রে ঐসে রিবোম্বর
তাঙলবা পুন্সিবু পি ওলহনবা;
খক হোঞ্জনিংদে অব্রাবগী স্বর
কায়না মৈচাক্লা পোল্লোই ওইহনবা।

ওইজনিংলে ঐ থোৎলবা লৈবাং
নাপদা ঙান্দুনা লৈতেং ওইবা;
ওইহনবীরো ঐবু লূব' পিবাং
নুংশিনবগীদমক শীন্থবা।

লাইনিংবী, চৎলিবরা লাইশঙদা ?
লৈরাং ওইনা ঐসু লৈগা পূন্না
কৎপিরম্মু ঈশ্বরগী খূয়াদা
তিঞ্জরগে পুন্সি লৈনম ওইনা।

মীওইবনা লৈগুম শাৎলক্লবা
ঐদি য়োৎতেক্লি তাদুনা লৈবা।

৭

মৰূপ, পাযখৎলো নখূত্তা নোংমৈ,
কাপখায়জবো ঐবু নপূক পেন্না;
শিদোক্লগে ঐসু, মীসু শিনৈ,
নঙগীদি মাঙজৈ নুংশিবা অমা।

খল্লু ঐবু নুংশিবা ননাওনি,
ঙমগদ্রনে নঙবু ননাও হাৎপা ?
লৌবোনে ঐবু নয়াম্বমক্লি
ঙমদ্রনে নঙবু নযাম্বা কাপ্পা ?

শীম্বজৈ মিংলুদা অৱাবৈ পি
তৎখিবা উবদা নুংশি-থৌবী;
কাযখিগে তৌইনে থম্মোয অসি
লাপ্লখিবদা থম্মোযগী মবী।

থাঙককফমদা লৈবে নচানুপা
'মুক্ত ঙস্ত্রা যেংসি থাঙ হাইগৎপা।

'ঙসিনি মালেমগী চহী হৌবা,
ঐখোয় খরদি থব্লায় মাঙলনি;
হৱাউবা য়াদে তাইবঙ মীওইবা
অতোনবা জীবশিংগী মোংফম্নি।'

ঙসি চৎলনি খঙল' মমানা
খোল্লাং ইল্লম্মী পীক্ল' মচাদা;
চিংথোকখি মমা কোঙ্গোয় হুক্তুনা,
ব্লারীসু লোইখি পিরাং মরক্তা।

য়ুপান থানরি লৈরঙ মখোঙদা,
পিরাং শুমথরি মীৎলু অনীনা;
মপূক কায়নরি চাক্লুক মপান্দা,
মমা কৌজরি হামেঙ মচানা।

মাঙখিবা মীনুংশি মীওইবদা,
ফাওরকই খরা হামেঙ বলিদা।





মতম কুইরক্লে মীওইবা নঙনা
মীওইবগী সেবা তৌরক্লিবা
নঙগী ধর্ম-বিজ্ঞান-রাজনীতিনা
কদায় শান্তিদি ঈখৌ লাংজবা?

চাওখৎলো নুংঙাইরো য়াইফরোনে
নখূৎমক্না শেমজবা স্বর্গদা
নহাকমক্না ময়ায়দা থম্লোনে,
ঈংলোনে থাজগুম্না অতিয়াদা।

লৌজে নঙসু নুংশি মখূৎশেম্মি
নুংশিনরগা থোইনা নুংশিবা;
পূক্নুবা মাসু নুংশি লাইয়ুম্মি
খল্লু-খল্লুরগা পান্নাইদবা।

কপ্তুনা লেল্লি ইরমমক্তদা
মীতোপ ওইরি মীওইবা, মীরক্তা।

## ১০

লাল্লক্তা ওল্লা কায়স্ত্রবা থম্মোয়
মতং কয়া খোমগংচবদুনা
শাগৎচৈ মীওইবা অমা, যেংঙোই,
মপূম ওইবল্লে নুংশিবতনা।

কৃষ্ণনা তম্বা যীশুগী লাইবাউ
অবোইবা নাইদবা নুংশিবগী,
যীশুনা লীবা কৃষ্ণগী মপাউ
তাজনিংলে ৱাবী মান্নবগী।

উবী অদো লৈপাক্তা তাবম্বা
যেৎচবদৈ অনকপা উপান্দা
অহিংবা ওইবে হান্না শিবম্বা,
মপাল শাৎলক্লে ঋতু লাকপদা।

খুদম পীবীবে থবো-থম্বালনা
পৃথ্বী অমদা পূন্না শাত্তুনা।





খৌবাংবৈ মৈচাক শঙ্গোম্না কোক্তে
ঈশিংতনা কোকই ইন্দ্রিয়’ মৈশা;
মমাগী মৈচাক ৱাবীনা ঈংদে
মচাতনা পী অপেনবা পৃম্বা।

মচল অমখক্তং চান্নবগী
থিবদা লৈবপ্লি নুংশিবদা;
পাম্বৈ অমখক্তং লাযথোকপগী
যেংবদা যাওবপ্লি চান্নবদা।

সনাই লঙ্কাদো তুম্লমদবা যাই
নিংথৌ ওইবম্লবা নুংশিবনা;
কৌবব শাগৈদো মৃৎলমদবা যাই
লংলা ওইবম্লবা চান্নবনা।

লৈহৌই নুংশিবা অৱাংলোমদা
চৎনৈ থিনবনা মখাবোমদা।




## ১২

রন্ন কয়া'ম মালেমথকসিদা
মাঙলিনে তত্তুনা তা-তাদুনা
চান্নবা, নুংশিবা, ... অরেম্বদা
লৌখৎপিদবনা মীওইবনা।

ইন্নরি লেপ্তুনা তুংদা ইমি
মুখৎপা ঙমদে ফনা চেন্দুনা;
কৎহৌসিনে পূন্না মক্তুবা পি
লৌখত্তুনা থম্মোয় থক্তা ব্রাংনা।

ধর্ম পূম্নমক্কী শৈবেল ওইবা
'নুংশিব'নি মপুনা শক্লম্বা;
মপুই পূক্লিংনি থাবলদা উবা
শম্বল ব্রাংমদা ঈংনা তারম্বা।

কনাগী মপু, কনাগী মনাই
নাপী ওইহৌনি মোংফমদা হৌবা।





## ১৩

নুংশি ঈপাক্তো উবেনে মাওদা
লাক্লো মীওইবা খূৎশম্নদুনা,
ঈকপমিন্নজবো ঈবোন্নুংদা
চোংথমিন্নদুনা পূন্ন-পূন্না।

উদবা ঈথক খূৎলাম তোযবিবা,
থুংলবি মালং মপাউ পুদুনা—
তন্নি ঈপাক্লি মৈশা কোকহনবা,
পেঞ্জবো হাযবি ঈকপচদুনা।

মূৎখিবা ঙমদ্রি মীওইবৈ আশা
থেংনজদুনা নুংশিবা মহাক;
কোক্লনি থীন্দনা যাংদৌ মৈশা
লানমিন্নজদুনা নুংশি ঈপাক।

ঈথক্লা ইবি ফজবা শৈবেং
ঈপোম্মা শেন্নি নীংথিবা ব্রাবেং।





# ১৪

তাবক্নে নক্না নুংশি-খোঙদোইখোল,
থুংলবনি স্বগগী লাইবেম্বী;
যেল্লবনি তন্ন নুংশি-পাউজেল,
ফবাংজি থাজবো যাংদৌ লম্বী।

তাবনি মঙাল নমু-পোংলৈপুং,
থৌবাং তৌজবো পূজাগী পোৎলম;
খোংগৎলো মোইবুং, যৈখৎলো শেনবুং,
থলহঞ্জবো লাইশঙ হৈনম লৈনম।

কান্নববোই অমুক মী হাৎপনা,
হুন্দোকখ্রোনে নঙগী খুৎশু-খুৎলাই;
পুবক্লোই শান্তি মীকপ মীবাউনা,
প্রেমতনি নঙগী অবোইবা উপায।

'ঐ'তবু খল্লবা থম্মোয নঙনা
লৌজৌ নুংশিবা মমল তিংদনা।'





## ১৫

নমানি ঐদি প্রকৃতি কৌবা,
য়েংলি চীক্লা অচৎ-চত্ত পূম্বা;
খঙদে কবিনো খেন্নবা হায়বা
নুংশিবতনি নমানা ঙম্বা।

তুংওইনদুনা অপাম্বা পূম্বা
যেংলকউ 'মুক্তং মায়কৈ মরীদা,
উগনি তোঙানবা মশক অমা
মনাই ওইনবা অমনা 'মদা।

উকমদা ওইবা ঐগী রাজনীতি
কোনশিনবনি খেন্নবা থমদনা;
মালংনা হুম্বা ঐগী কুটনীতি
লৈনম যেনবনি শাগৈ খায়দনা।

অতিযাগী শাগৈ করিনো খঙব্রা,
পাবি নঙগীদি শাগৈ লৈতব্রা ?





## ১৬

ওইজবিনে জয মতম পুম্বগী
শাগৈ লৈজদবশিং ফূব্দপ্লা
নুমিৎ, থা, থব্বানমিচাক, পৃথিবী
লাৎনবি মখোয লাইব অনংনা।

কুপশ্ত্র'সু মালেম মল্ল' লৈচিলনা
ওইবি কোবৌনা লেঙদনা থোকপা;
ফূকশ্ত্রসু উব্দ কল্ল' নোংলৈনা
ওইবি চীংজাউনা লেঙদনা লেপ্পা।

তুমিন যেংলি কবিসু হাযদনা
লম কন্নবিবা কুরুক্ষেত্রদা;
বিচাব তৌবি তুমিন্না লৈদুনা—
মীচং শেম্নুদে শাগৈ অমদা।

তিংথোক্লি পাম্বোম চেৎনা কোন্নবা,
কপ্লি মদোম মীবাইবৈ নুংশিবা।

## ১৭

তৃমখুল হুন্নবিঙে মীওইবনা
চেপ্পুবী পোখাদনা তুবেলদি;
ইবাঙ লাঙনবিঙে তাইবঙশিংনা
কোকহল্লুই কনাগী খৌবাংবদি।

পীক্লবা ঈবম মচা-মচানা
পাকথোবক্লি চেল্লক-চেল্লক্লগা;
পীক্লক্লি মীওইবগী থম্মোযনা
সভ্যতাগী লমদাং শাংলক্লগা ।

নুংশিবনি সমুদ্র পাংখিবা—
লেপ্তুনা শকখি তুবেল খোংনুংনা;
পুন্সিনি ঈপাক মাবু তমখিবা
শক্তুনা শৈবোল নুংশি চীম্বান্না ।

কনানা ঙম্মী মীওইবৈ সেবা ?
তুবেলদা হংলুসি মবম পৃম্বা।





নৱাগী মোমোন্নবা মীনোক্তা
ফোঙলকই 'সুংশিবা' মূর্তি ওইনা;
অমুক্তং পন্নবা চন্ন খূনোক্তা
মতীক ওক্তে মীচুপ অমত্তনা।

য়েংথোরকপা মীৎয়েংদা লূরবা
য়াওরমদে অনৈবা, অমকপসু
ভাঙথোরকপ্ল ব্রাভাঙদা খুন্নবা
থাকলমদে লৌথুপ লৌকোইনবসু।

নাংকী ধর্মগী খানরিবা পল
মকম লৈতে লাইথি-লুহোংবীদা;
নঙগী মাগীনি ওন্নরিবা খল
মথৌ তারমদে অমাং-কোয়বীদা।

ব্রানা থিরুবা চীংনুং-মান্নুংদা
লায়না লোংলন্মী নৱা-লৌবুক্তা।

ঔৗরাংজে ঔৈনা লাইরঙ্গেন ’মত্তং
মীওইবনা নৌনা খুদ্বোকপা লম;
মিহৌজে থোইনা লীপূন অমত্তং
পুঞ্জবা নুংশিবনা মনীং তম ।

মীনা মীগী পংব্রাদা ব্রানবা
উদ্রে লৈঙমদবা, নীংনবনা;
নঙগা ঐগা পংচান্দ চান্নবা
পোখাফম ওইজবা নুংশিবনা ।

নঙগী ঐগী মরক্তা খারিবা
ওইসনু শম্বন্দো নুংশিবনা
নহাক্রুসু ঐনসু কপ্পকপা
’মত্তা লৈতবা মরক খায়দুনা ।

চেজেং কোন্নরি উরী উপান্না
করি ব্রাং’নি নঙ ঐগী মরীনা ।





হন্নক্লে ওসিদি মীরৈবাক্তা
চেক্লা ওইদুনা মালেম কোয়রুবা;
থম্বীরো চেৎনা নুংশি পোন্নুংদা
খোংজগেনে— 'নুংশিবা-নুংশিবা' ।

খওজনীংলুদে নওগী জ্ঞান-বিজ্ঞান
কৈদৌননি পওস্রবা ঐঙোন্দা !
নানবীযু শুপ্নগী নুংশি খুৎনান
ইঙাও ঙাওজগে নুংশি-পোন্নুংদা ।

তম্বীযু ঐঙোন্দা মিংলেন 'দুদং
লাইশোল ওইনগে পীক্ল চীম্বান্দা;
উৎপীযু ঐঙোন্দা মূর্তি 'দুদং
লাইনীং ওইজগে পূংজা খুদিংদা ।

কোয়না য়েংলক্লে অনী উবক্তে,
পৃথি' থুংউরে অনী শুরমদে ।





## ২১

চৈজৌ ঐঙোন্দা অথীবা মীচৈ
হায়জৌ ঐহাকপু শাগা পাম্বক্লি,
থাজৌ ইফমদা অয়াকপা ৱাহৈ;
থম্মোয় অমদি মপাল্লি নঙগী ।

কৌজৌ ঐবু তমথীবা য়েক্লবা,
লৌজৌ ঐবু অমুবা লিন্দুনি
হাত্তোকপদা মতীক হেক চাববা;
থম্মোয় অমদি মপাল্লি নঙগী ।

ফৃজৌনে পেন্না ননীং থুংনবা,
ঙাওহল্লো খৃশাক্লা 'খজাই অনী,
তৌরো ধমকা অমুক লাক্তনবা;
থম্মোয় অমদি মপাল্লি নঙগী ।

নচাবু লায়না ঙাকপিবা ঙম্বা
থম্মোয়দুতনি ঐনা নিজবা ।





নৃংথরুববু সুম সুম, থেংনরে
মরেপ লৈত্রবা অচীকপা অমা;
কৃমথরুববু সুম সুম, ফংজরে
মপান নাইদ্রবা ফজবা অমা ।

লৈতবনি হায়নৈ নঙসে মীনা,
শান্তি’সে ফাওবিবা, মীনম্বা ?
নীংলুনু তাক্লে নঙবু কনানা,
জয় ’সে ফজবগী, ওইদববা ?

ফংজদ্রে থিরুবা ‘ঐ’গী মফম,
থাবৈবাক্লি পূম্নমক ঈংলবা;
লৈবমদে কৈদা ‘নাপল’গী লৈফম,
লাইবৈবাক্লি ঙম্না ফজববা ।

পৃকহেনবনি নঙদি শীংনাইদবা,
লৈত্রেনে পাউখুম পিবাং নত্তবা ।

## ২৩

কৌরক্কবদা অচীকপা নঙনা
ঐদি ঙমজদ্রে তপথনা লৈবা;
নপাউ তমজবা নঙগী থাজনা,
থবায় ঐনা কয়াদি পেঞ্জবা !

সভ্যতা অমা শান্তিনা থনবা
হেল্লদ্রে তোপ্পা নঙনা পান্দুনা,
লাইরৈবাক 'মা নুংশিবনা কোইবা
পাল্লদ্রে চীক্লা চেৎনা কোন্দুনা ।

মপান্দনা মূর্তি মীৎনা উবা
নীংথায়রক্লি চীক্লা ফজবনা —
য়াওখি থবায়সু মনুং হঞ্জিনবা,
জগোই শাহনখি ইশা খঙদনা ।

মূর্তি ওইরম্বা লাইশঙ মনুংদা
শীনবা থুংলদ্রে মফম খূদিংদা ।

২৪

পূক্লিংসে 'তিয়ামুক লুবা মতমদা
নুংশিবা, নঙ লাক্লমই, লাক্লমই;
অহিংগুম পূমচীক চীক্ল তাংলৌদা
লোন্না নহাক লাক্লমই, লাক্লমই !

নঙগী পাম্বোম্না চেজেৎ কোনবদা
পূম্নমক ঐ কাউথোকখি, কাউথোকখি;
থম্মোযসে নুংশি ব্রাবী তাবদা
খঙহৌদ ঐ পাথোকখি, পাথোকখি !

মকুদা হযবা নঙগী নোংজুদা
নুংশিবা, ঐ পেঞ্জখি, পেঞ্জখি;
উপানগুম— নঙনা যেন্নিং হুনবদা
চান্নবা, ঙাওজখি ঐ, ঙাওজখি !

লাক্লম্লে হান্না নুংশিবা নঙদি
কৌকবে তোযনা মপান্দা ঐদি !




## ২৫

ঙরাং অহিং চীক্লবা কুঞ্জদা
নঙনি লাকখিবা থাবল ফিজেৎনা,
তপ্না চিংশিনবীখি ঐবু 'নাক্তা
লীবীখি ব্রারী কয়া নুংশিনা ।

তাকপীখিদো নুংশিবনি হায়না
নঙতনি ব্রাৎলিবা তাইবঙপান্দা,
মমল নাইদগুম লাইজ ঈশিংনা
বত্ননি তাঙলবা মীবল্লেন্দা ।

ফজবগী মনুংদা অচীকপা
অচীকপগী মনুংদা শান্তিগা,
শান্তিগী মনুংদসু নুংশিবা
ইতিন তিন্নখি চীংনুং হবিগা ।

পাইশিল্লুই মৈবাম্বীনা মৈনুংদা,
খোংলমই কোকিলনা অচীকপদা

ধর্মনা লৈখা তাবক্লবদা
হাযনৈ অবতাব তৌরে নহাক্লা,
লাম্মৈনা থুংনা চাক্ল মালেমদা
লাক্লিনে নওদি নুংশিবা ওইনা।

মীগী হৌব মীবাউখোল মবক্তা
চীক্লা ঙানবীবি প্রকৃতি ওইনা,
ঈংনা ঙানদুনা থানা নোংদোন্দা
তম্বীবি লোন্না নুংশিনৌ হায়না।

কপ্লি ইমা মচা কাযনববী
উবে চেংলৌ তেংথাখোল মবক্তা;
চাক্লি শানৌ মপাং শেংনববী
উজবে মীনোক্তো পিবাংলক্তা।

ফাওজবি নক্লা নুংশি-হেদোইপূক
লাকসনু প্রলয ওইবে হেঞ্জপূক।

# ২৭

নহাক্কী চেৎখায়বকপা নঙালনা
উহল্লে থম্মোয়দা ককচেং চৎপা;
শুম্মৎপিদুনা নুংশি মীনোক্কা
ফাওহল্লে 'পূন্না ঐগী ওইদবা।

ইকাইবমাল্লে মপু শাবশিং
হন্নখ্রে তপ্না মযুম মযুমদা;
শাৎনীংদ্রমাল্লে মপাল শাবশিং
খূইনখ্রে ঙম্না লৈপান-লৈপান্দা।

মঙাল তাখ্রবদা নুংশিবগী
ওইবে নুংশিবা শক্তম অপূন্বা ;
মবল ওইখ্রবদা থম্মোয মাগী
ঐসে ঙমখিদ্রে ঐগী ওইজবা।

থিবকপদা 'মত্তং ঐগী ওইবা
ওইজগে নঙাল ঐগী নত্তবা।

## ২৮

মীবক্তা মাঙখ্রবা থম্মোয অমা
থেংনবে ঙসি থাপ্পা উমংদা,
'তৈদি থমখিসি, উবৈশিং ফাওবা—
শাৎমিন্নবম্মী ফৈবা অমদা।

থব্রায় পানবশিং শংলেন উনুংগী
হৈপান লৈপান খিবিক্কা লোযননা
পূজা কৎলম্মী নুংশিনবগী
তান্থা পীদুনা চেক্লা তাম্নানা।

মীবমদা থিংলম্বা থোঙজাও পূম্বা
লাওনা হাংলম্মী মফমদুদদি,
অপীক-অচৌবা, অনেম-অব্রাঙবা
তবাম' ওক্লম্মী লৈবাক্তুদদি।

তাম্না শন্দোকখিত্রি শংলেন লৈবাক্লা
নুংদা যাঙ্গোইবি ঈংল মালংনা।

খোয়দিন্নরুবা নঙগা, লৈশেম্বা!
পীকমল্লি ঐগী পীবুক পীকমল্লি;
খোঙদিন্নরুবা নঙগা, মালংবা!
থেনমল্লি ঐগী ৱাখল থেনমল্লি।

অসুক পীক্লম্বা অসুক চাউবদা
শিজনীংলেদা ঐ ইকাইবনা!
পল্লোন খারুবা পন্নাইদবদা
চৎনীংদ্রে অমুক খোঙবু ওইদুনা!

অরোইবা নত্তে কনাই পুনাৎলোন
কোরৌনা পীরি অশুপ্পা থুংঙাল;
অখৈবা ওইদে কনাই পানাৎলোন
থাজনা য়েল্লি খোইথুম্বা ঈংঙাল।

খোয়ুম-কোক্লু, তৈরি নুংশি-মঙাল
তিঞ্জক থৱায়, লাংজরি নুংঙাল।

ওল্লাংথাদা ইনাক্তা লাকুম্বা
মলয়া ! লৈবমদে নঙগী জাতি—
থল্লমদে নঙগী নকু-লাপ্নবা,
ইকাইজৈ শাগে নাইকবা ঐদি।

পেঞ্জবেনে ঙসি জাৎ তাবদা
মাঙলগে সুম লৌখৎপা যাদনা;
ইস্থোকপীববসু মীলৈবাক্তা
হোইবদি ঙল্লবোই অশোনবনা।

শকখঙনবে ঙসিদি ইবানী,
কিবসি চেৎনা চান্ন-থৌবীনা;
পূল্লসি অমত্তা থম্মোয অনী,
শিৎলমসি ঈংনা মীবম খাযদনা।

ঐতবু নত্তে নঙনা নুংশিবা,
নঙতবু নত্তে ঐনা নুংশিবা।

থিববা মনুংদা হাইদোক্নুনা
মনুংদা মনুংদা আঃ মনুংদা
শোয়দনা লৈরম্নি থাজদনা
ফজখ্রবা শক্তম'ম ময়ায়দা।

টেবেসানা উখিবা মবুংঙো
পিতং-পাতংপশিংগী থম্মোযদা;
গান্ধীনা ফংজখিবা থম্মোযদো
হিন্দু-মুস্লিমগী শম্বল ঝাংবদা;

মীওইবনা ঙক্লা উনখিবা
কাংঙ-সিদ্ধার্থগী থম্মোয মবী;
মীওইবনা ঙক্লা যেংনখিবা
জোগাই-মাধাইবু পুনখিবা থৌবী।

ইবুংঙো ! দোলাই যাঙনা থৌবিবা
খুকমজৈ থম্মোযদা লৈবীনবা।




ীম্বুবো পি নঙ তবং ইফুইনা
ওইজবো মক্তু' নুংশিবগী লন;
ইথক হৌহল্লো চান্ন-ইনোংনা
নমখায নমখাযদুনা থিংলম্বা পন।

ওইজবো চীম্বান নঙ খোযথুম্লবা
শকচবো তত্ত নুংওনবগী ব্রা;
ব্রাবীদা মীওইবৈ তাহৈদ্রবা
পীবল্লো মহুত্তা, নুংশি-যাব্রা।

ঙমজবো থম্মোয নঙ লৈবাং ওইবা
শাৎচবা নিননা থব্রায খুদিংদা;
ফৃগাযনা শাৎলো লৈনম যেন্নবা
লোন্না চঙনবা যেক্ল-মকাদা।

মঙলান্নি ঐ অচীকপদা মঙবা
মঙল-মঙলগা থোইনা শুম্মাৎপা।





হে শানৌ, নুংশি-ইথৌলাংলিবী।
পীনবি সংসাব পৃম্না নফমদা;
মৈবিদি মুন্তে থম্মোয় লকাগী,
পিবোইনবি নঙ মীংলু অনীদা।

হেঞ্জে লৈবাংনা তৃমা ব্রাংমদা
পৃক্লু পীবুক ফৃগায়না শান্তুনা;
শাৎলিনে নঙদি পনখৈ মনুংদা
নুংঙাইবে মকপ, ব্রাবে কপ্তুনা।

থাবলদা নঙনা মৈশা ফাওববা
নোক্লিংবা পোকই নুংশিবা ঐনা;
সনাই উহযবু থুমই খল্লবা
ব্রাদবা ঙমদে থম্মোয অসিনা।

পোম্বীনা পেঞ্জে পোনগী পুন্সিদা
চেক্লানা চাউজে চীঙ্গোল চামদা।

লৈচিলও নঙবু চীংলোন লাম্নীবা !
পুবীযু ঐবু নঙগী থানুংদা
শান্তিগী খোঙচত্তা মনীংতম্বা
খোঙবু ওইজগে স্বর্গে লম্বীদা।

চাক্ল ইথ্বায পোন্নুংদা কপ্লিবা
নোকচগে 'মুক্তং পোনগী ব্রাংমদা,
নতুং ইন্দুনা কোকচগে 'ম্রাবা
কোইপাই পাইদুনা পাল্লোন লানবদা।

পুবীবো ঐবু লাইবৈবাক্তুদা
কোয়না নুংশিবনা ঙমখৈ ওইবা,
পংলুপ্ত লূপচবা নুংশিবদা
ব্রাংমা লাল্লবদসু নুংশিবা।

কৈদৌকনি পোন্নুংগী নিংথৌনা,
কৈদৌকনি সনাগী লুহুপ্পা !

নোংদোন ওন্না ফৃগায়না শাৎলগা
তাইবঙ মপুদা কৎলিবোই নীংলে;
লৈকা খৃদিংমক লাওনা হাংলগা,
খাকউবা লৈত্রে হায়রিবোই খল্লে।

নঙবু উবগা ঈপাক্তা ঙানবা
থম্মোয় ঈপাক্তা ঈথক হৌবক্লে;
জগোই উবগা ঈথক্লা শাবা
প্রেমতনা থনখ্রে পুন্সি ঈপাকসে।

ঙমজদ্রিদো ঐদি নতৌ তম্বা
ফৃগাযনা শাৎচবা নোংদোন ওন্না;
লৈকা খৃদিংমক শুনা হাংজবা
থম্বাল নঙগুম্না পৃমকৎ কত্তুনা।

লৈবাংনি নঙদি ফিদমদা শাৎপা
লাইনীং লম্বীবু চেৎনা তাক্লিবা !

ঐদি উপাননি মালেমদা হৌবা
গীতা পারক্তে, কুরআন পাবক্তে
লোইনদি খঙই অথূপ্পা পূম্বা—
উৎলি থবক্পা, লাউকবা হৈতে।

চঙলকউ লোইনা ঐগী ইখোঙদা
নুংশিনা কোনগে ঈংনা ইকম্না;
অথুম্বা উহয পীবগে খৃত্তা
খাবোই হিন্দুনা, যাক্লোই মুস্লিম্না।

অমুক্তং যেংঙু শম্বল ব্রাংমদা
লৈকোল অমা কনাইসু নত্তবা
থেংননি শোযদনা মীৎযেংদুদা
লৈবাংশিংসু, লৈনমসু নুংশিবা।

যান্থৎচৌ ঐ শাউনীংবা মীকুপ্তা
কৎকে ইশাদুম নযুম শানবা।

## ৩৭

বসন্ত, লাক্লবরা ইনাক্তা ?
ফজবা ঙাক তম্বদা থোক্তবা
উৎপীরি খাকউদনা ইফমদা
হেনমনখ্রেদকো ঐবু নুংশিবা !

চীক্ল’ মায়থোঙনা মোমোন নোক্লকপা—
পংচীক্তা চীকখ্রে থম্মোয় লকাসে !
ঈংল মীৎস্নানা ফাওনা য়েংলকপা—
পংঈংদা ঈংখ্রে থম্মোয় লাইয়ুমসে !

চৎসি ইবানী থাপ্ল উমংদা
লৈবাং ওইমিন্না— পূন্না শাৎলুসি !
পাংসি তন্না মীরাউখোল ব্রাংমদা
চেক্লাবু ওইনা কোয়না পাইরুসি !

মোমোন মীনোক, কনাইনো হংনীংই;
নুংশি মিৎয়েং, কৈদনো খঙনীংই।

থাবল, নথন্ত ঈংদেনে নঙদি
থম্মোয়সিবুসু ঈংহল্লি যৌনা;
শকফম শোনফম খঙজদ্রেনে ঐদি
মহী চেন্থোকহনখ্রবদা ঙম্না।

হাত্তোকপিখ্রে নঙনা যেক্ল পূম্বা।
থাপ্না চেনখ্রে ঐবু থাদোক্তুনা
অপাম্বা, অশাউবা, যেংথীনবা;
লৈহৌবে নঙদি ঐবু কোন্দুনা।

উরুবগা ঈপাকসে ঈংলবা
কবিবু নীংশিংলকই হাযযুবা ?
যেংলুবগা মালেমসে চীক্লবা
কনাবু উনীংলকই খঙববা ?

থাবল নঙবু চোংনবা থোকপবা
চোংল-চোংলগা পেনবা নাইদবা !

অশৈবা, নঙগী কলম মচীন্দা
ঐবু অমুক্তং তোংহনবীয়ুনে !
ঙাওববীনি ঐ নুংশি ঝাখন্দা
নঙনা অমুক্তং তেংবাংবীয়ুনে !

মাঙদা লৈবে উব্রা মাগী শঙ্গায
পৌবোল শংপীযু নঙগী কলম্না;
নুংশিবা কৌবনি মাগী কোলোয,
তম্বীক ঙাইহৌবি নুংশিবনা ।

'মবুংঙো ওইবীযু নুংশিবগী
চামব থৌগঞ্জগে ইশ্বৃংমক্লা;
নিংথৌ ওইবীযু পৃথিবীসিগী
বীণা খোংহনগে নাবদ মুণিনা ।'

ইবীবস্মু লৈশেম্বগী শৈবেং
হুকচগে ঙকশমদা লৈবাং পবেং।

নঙগী ঈশৈগী ময়েক মবক্তা,
শৈবাংবা ! য়াওহনবীযু ঐবুসু;
'নুংশিব'দং হায়রকপা খোম্বোক্তা
মপি তাবা ঙমহল্লু তাইবংসু।

প্রলয় মৈশা লাংলবা থম্মোযনা
করিসু পামদ্রে শান্তি নত্তবা;
ওইজবো ঙমজবা নঙগী সুবনা
মীগী থম্মোয়বু হুমদুনা পুবা।

তাম্নাই খোঞ্জেলনা যেক্লবা থিদে
ইপেন্দা পেলহল্লি নাপ পূম্বা;
ঐগী মযেক্তা যেক্লবা খাযদে
সুব পানবীবো তাম্নাবু ঙমজবা।

তাম্নানা খোংবা তাবে উমংদা
ঈপোম হৌহল্লো নঙনা মীবক্তা।

নাকেম্বা, নঙনা করি শক্লম্বা !
য়াওরম্লে ঐসু মম্থরকপদা;
অমুক শাগৎপা অমুক কীম্থবা
নুংশিবা হেল্লকই খল্লুবদা।

নঙগীসু লৈজে তোঙানবা ব্বারী
ফম্বান তাবদে হেন্না নুংশিবা;
ঐগীসু উরে অরোইবা মরী
কনা লৈখিদ্রে চৈশু নত্তবা।

নপোৎ-নচে পৃম্বা য়োমশিন্দুনা
হে থব্বায়ঃ কদায়দনো য়েংলিবা ?
ঙালহৌখিনি মালেমদি মালহৌনা
খঙলে নহাক করিবু খল্লিবা।

লয়শা তম্লি নোংচুপ্পা কোরৌনা
মং তম্লি হকচাংনা তপ্না তপ্না।

যেকপীযুনে লাইবেশ্বী অমত্তা,
হে চিত্রকাব ! অঙ্গবা ঙমজবা—
ঈশিং পুনলাং যেপহল্লু শেগাদা,
পোকহল্লু হেক যেংবদা নুংশিবা।

লেপহল্লু যাংদৌ লম্বী মপান্দা,
ঙাইহল্লু যাত্রিকশিং ঈখৌ লাংবা;
থোকহল্লু কোবৌ য়াক্লা কোক্তোন্দা,
মৈবী ওইহল্লু শীৎলি' মালংবা।

মোমোন মীনোক নোক্লুনা নুংশিনা
কৌশিলহল্লু যাত্রিকশিং মনাক্তা,
হৈথদুনা লাইজ খৃজোক পানা
লূপহল্লু ঙম্না শান্তি ঈপাক্তা।

লাইবেশ্বীদুগী মিং থোন্নীংলবা
থাবীবম্মু মখাদা— নুংশিবা।





মীশক মত্তং ইমাগা মান্নবা
কোয়না থিরুববু মালেম থুংনা
হল্লক্নে ফংদ মাগুম নুংশিবা,
থন্নগে মাদি চাংদম্নদনা।

ঈশিংদা চোংথৌ ওমনি চোংথবা,
য়াইবী কৎলু কৎকনি মহাক্না;
ঙাকপীয়ু ঙাকপীনি ইরাল চামা,
তোন্নি লমনত মচা ওইবনা।

মরল পূম্বদৈ মাগী লৈজবা,
লূপ্নি খ্বাইদগী মচাই মরীনা;
ঐতনা ব্রাৎলি ইমাগী সেবা,
পীরি নুংশিবদি থকনাইদনা।

ইমা ! থিরু শাবু অথাপ্পদা
লৈরম্লে স্বর্গ ইমাই তম্পাক্তা !




নুংশিবা লাইদুগী বাজসভাদা
মকোক নোঞ্জবি জগৎকী লাইযাম,
ভক্তি উৎনবি অমন 'মদা
খীকথবক্লি স্বর্গদগী লৈযাম !

নুংশিবা লাইগী ধর্মসভাদা
ঙান্থোইবক্লে তুবিলাই পাখংবা
চীক্লদুনা মকোক্লা মমৈদা,
তাক্লক্লে খৈনা 'মত্তনি হাযবা।

চেৎজেৎপু কোন্নখ্রে কৃষ্ণ-অলাহ
ঈবা হৌবি মীওইবৈ মবীদা;
খূজেং পাল্লোইনখ্রে যীশু-বুদ্ধ
খোঙদোই হুল্লক্লে নুংশি-লম্বীদা।

কাপখিবা খূৎলাই ব্রহ্মাস্ত্র'নীদা
লৈ-পবেং ওনখ্রে লবকুশদা !

নশানৌনি ঐ নুংশিবা কৌবা,
ওইজরি তাইবঙ থম্মোয় পেৎনবী;
কনা লৈরি ঐঙোন্দা লূপ্তবা,
ওইনীংলুই থম্মোয় পূম্বে সেবারী।

লৈতে ঐঙোন্দা খেন্নবা হায়বা
কনাগী মপু কনাগী মনাই;
উদে ঐনা লৈফমগী তোঙানবা
কনাগী ময়োল কনাগী মতাই।

ফংজগে সেবা থম্মোয় পূম্বগী
লৈনম্মা তৌ'গুম মীওইবৈ সেবা;
থেমজগে ঈচিক লাইয়ুম খূদিংগী
থাবলনা ঈংন'গুম তাইবঙ পূম্বা।

নঙতগী ওইনীংলকপা নুমিত্তা
লৈত্রবনি ঐদি নকাদুদা।

ইম্ছোক্লবীনি ঐ মীওইবনা
শোক্লুবে ইমা 'মত্তগী মচানি;
চন্নদ্রবীনি ঐ মালেম শীননা
শক্লুবে ঈশ্বর 'মত্তে খৃৎশেম্নি।

শেংনা পীবীদে ইফম অমত্তং
হিন্দু-মুস্লিম অনীগী থম্মোযদা;
লানা ইবীদে ৱাহে অমত্তং
চীংমী-তম্বীগী থম্মোয় লকাদা।

কপচরি ঙসি তুমিন লেপ্পুনা
য়েংলগা চেক্লা চীংলোন লানখীবা;
শীন্থরি পি খান্নুবা য়াদনা
উরগা থাবল শম্বল লাল্লীবা।

থিরকপা থোক্ল' কনাগুম্বনা
লৈরমগে ঐদি লৈ-পবেং ওইনা।





হে মতম, পুরক্লে ঐবু নঙনা
অসুক কুইবসে পুন্সি লম্বীদা !
নশক্লোন কয়া লৌরীবা নঙনা
শুম্বাৎলি ঐবু খোঙফম কয়াদা।

থাপ্না পুবীরকখি নঙনা ঐবু
পলেমগী মথাদগী শেত্তুনা;
চেৎনা কোঞ্জখি ইথাদা নঙবু
অখা-অয়াক মহাউ তংন-তংনা।

থেক্কদৌবা শাথেক লোইরবদা
উৎলম্মী অনৌবা মীনোক কয়া;
মাঙখ্রিবনো নঙবু লমদম কৈদা
পীরম্লগা খূত্তা চৈশু অমা ?

ঙসিদি ইশাবু খঙজরক্লে,
ঐ অশিবা হাযবদু ওইরম্লে।

তাওনে মৰূপ, চঙলব্রা লানফমদা
পাযবব্রা খূত্তা অবৈবা খূৎলাই
ঊৎলিব্রা থৌনা যেক্ল পূম্বদা,
অমুক্তং খল্লু হাইগৎত্রিঙৈ মায।

চপ মান্নবি মীওইবগী শাগৈ,
কনানো শিববদা কনানা ?
কনা ঙমদুনা লেপ্পুনি লনগৈ
খল্লুবা ঙমদে নুংশিবা ঐনা।

উব্রা লানবুঙদা মৈবী হৌবিবা
তুমখ্রে 'যেক্লবা' নুংশি-মৈবীদা !
খূৎলাইশিং অদো নঙনা পীনবা
থাদবল্লো ঙম্না সমুদ্রদা !

মপূক তপ্পীদা লিবি-মালংসে
মবা তপখ্রেদা লাইজ-ঈপাকসে !

## ৪৯

'হীরা, মণি-মুক্তা লৈজ' পুন্বা
ইবুংঙো ! কচ্চরেনে নফমদা'
'খৌরাংজৈ' মত্তং মদুদৈ হেনবা,
লন-থুম নত্তে পাম্লিবা থম্মোয়দা।'

'নিংথৌ ওইবীরো মালেম পুন্বগী,
কচ্চবে নফমদা রাজসিংহাসন।'
'পোক্লুবে পুন্সি ননাই ওইবগী
ওইখ্রে থম্মোয়সে নুংশিবৈ আসন।'

'পুজখো লাই-মূর্তিসে নিললিবা
ফংজৌ অপেনবা মাবু লাৎপদা।'
'পামজকদে ঈশ্বব মপু নাইবা
মচা মনাইগী মীশক খাযবদা।'

পীনবীযু থম্মোয়দুতং থোৎলবা
শ্রীকৃষ্ণগী মবুংঙো 'নুংশিবা'।

'শক্ক যাজগে নঙগী অৱাবা
পাংদুনা ঐনা ঙমজবা নতেং'
'নঙগীদুম পাংগে ঐনা ঙমজবা
পীদুনা ঐগী ঙমজবা ইতেং।'

অসুম্না নুংশিবগী লৈবাক্তা
খংনবম্মী নুপা অনী কন্না,
থুংলৈ পূন্না নুংশি সনা মাঙদা
কনানসু বিচাব ঙমদবনা।

তাবগা তন্না অনীগী মপাউ
ওইখ্রে নুংশিবা পিবাংনা লৈতেং—
'ওইববনি পিনা ঐগী ইপাউ,
পাংহল্লো ঐসু অনীদা মতেং।'

ইচীক চীকখি নুংশিবগী দববাব
লোইশিনবা ঙমদনা কংলা বিচাব।





'তৈশীনবীবকউ তৈনীংবা মচু
ঐনা পামজবদি মীওইবনি;
হাযজৌ অমুবনি ঐগী কুচু
ঐনা খঞ্জবদি নুংশিবনি।'

'নুংনা থাবগা ঐগী ইকোক্তা
ঐনা নওবু শাউবমগনি খনব্রা ?
খূপাক্লা থাবগা ঐগী মাযদা
ঐনা নওবু নুংশিবল্লোই নীংব্রা ?'

'নওনা ঐবু হাৎলগে নীংলবা
শোঞ্জগনি পিবোইননা— হে বাম।
হোৎনবোই খক ইশাবু কননবা
নুংশিজৈ ঐনা নওবুদি কযাম।

ঙম্বা যাই অহিংসাবু হিংসানা
কপ্পদি শোযদ্রে পুক্সিদা নওনা।

‘হে ইমা, নযাথং পীনবীবো
হাৎলগে মাসে ঐগী যেক্লবা।’
‘হাৎলো, হাৎলো যেক্লবদো হাৎলো
‘মাবুদি হাৎলুনুকো, নিংথৌবা।’

‘চৎলু, হাংদোক্লু সনাগী উপ্রু
পুবকউ, যাওহৌবনি নুংশিবা।’
‘নত্তে, ইহাঙ হাঙই কনাই তাবু
কৈসু যাওবমদে নুংশিবা কৌবা।’

‘মনুং মপান তূনা যাওহৌবনি,
(যাওদবনি অপীকপা, অতোনবা)
ইমা ইচাসু শরুক অমনি
পূক্লিং অদুগী শীনবা থুংলিবা।’

ইমাই নিংথেম, যেক্লবা মাঙহল্লু
খূৎলাই থাবগা মাঙহল্লু ‘নঙ’বু।

নীংশিংলু মীকুপ্তা সুদাম নঙবু
ওইজরে কৃষ্ণ ঐ প্রেমগী ঈপাক;
কোল্লম্লে চেৎনা নথাদা ঐবু
ওনখ্রে দ্বারকাসে সুদামগী লৈবাক।

'কৃষ্ণ' শোল্লকপা মক্ত্র' চীম্বান্দা
চেস্থখ্রে থম্মোয পিবাং ওন্দুনা;
চীক্লা লাৎলম্বা শেংল থম্মোয়দা
লাকচরে কৃষ্ণ ননাই ওইদুনা।

ঙাযখরে সুদামগী সুদাম ঙাক্তা
যেংউ-য়েংউবা মাইকৈ খূদিংদা,
ওইখ্রেনে কৃষ্ণসু সুদাম মক্তা
হৌরক্লেসে প্রেম তুখোঙ খূদিংদা।

প্রেমগী ঈপাক পাকইদা পাকইদা !
ঈবাক্লে কৃষ্ণ ঈপাক লানবদা।

নত্তেনে নত্তে তাহৈবা ৱাবী
মৈ ঈক্তুনা তৌখিবা চাংযেংশিং
অমুকসু শুক্ল বনদা জানকী।
পুঙমদ্রে থম্মোযসে কপ্লীং কপ্লীং।

ফত্তেনে ফত্তে দ্বাবকাই কৃষ্ণসে
থম্বী থাপ্লা অচানবা মনাইশিং,
খৃযাখাই মনাই পাণ্ডব মঙানে
লেপচখিদো খোঙফম তানীং তানীং।

কল্লীনে থম্মোয চীংউ থাংজিংসে
থম্বী ৱানা নুংশিবা মনাইশিং
মশাগী মনাই খম্বা খম্নুনে
শাৎচখিদো ৱানা কেন্নীং কেন্নীং।

ৱাহল-তাহল্লী শক্তম্লাংবশিং
শোকপদি যাদে থম্মোয মবলশিং।

ঐঙোন্দা থোক্নরবদা খঙলে
রাধাগী লাইনীংদো চুমই চুমই;
অসুক ব্রাবোইরেকো কায়নবসে
ইবেম্মগী মৈচাক শেংই শেংই।

বসন্ত ওইরক্নে বৃন্দাবনসে
কৃষ্ণদি লাকখিদ্রে, চাক্নে চাক্নে;
লৈসু শাংখিদ্রে নিকুঞ্জবনসে
কোকিলসু খোংখিদ্রে, কারে কারে।

রসনা থল্লে যমুনা তোবর্বানসে
থাবলদি থোক্লদ্রে শাবে শারে;
সুরনা পাবে নুংশিগী ঈপাকসে
মেজরাপ্তি তংখ্রে, খোংদ্রে খোংদ্রে।

নীংশিংবা, অমুকসু ওংলে নঙনা
হেন্নদুম নুংঙাইজৈ কপ্পা কপ্পা।

মোল্লাং অমত্তদা খাঙমিন্নবী
তালোইনা ওইবি খ্বাইদে নুংশিবা,
বন্দা লংথোকপিখি সীতা কৌবী—
বাজনীতি কৌব্রা পাম্মু শেংনবা ?

চীংজাউনা ওইবি তুবেলগী হৌফম
তুবেলনা তৌবি মীওইবৈ সেবা;
নুংশিবনা ওইবি ধর্মৈ যুম্ফম
ধর্মনা তাক্লি জীব নুংশিবা।

অমুক্কা কুইনা বনগী খোঙফমদা
ব্রানা খাঙজখি সীতা কৌবীনা;
অমুক্কা ব্রানা কদলী বন্দা
থৌগাই পুজখি পিবাং কংদনা।

শেংনা নুংশিবা খাম্বী মৈনিদা !
চাকথেককখি সীতা মুণিগী বন্দা।





লণ্ডজখিনে ইরাল চাম-চামা
ঙাকপীদুনা লাকই ইতাও নঙনা;
থুংলরে ঙসি খোয়ুম নোংদম্বা
শারাক তম্লেদো পাম্বা কৈরেলনা।

লেপ্পরে নঙনা নুংশিবা ওইনা
নুং-পান নাইখিদ্রে নোংবান কৌবসে,
নঙনা পীনবা লাইজ ঈশিংনা
পোল্লোই পীরগে ফত্ত্র হকচাংসে।

'নঙনা লাল্লম্লে ফংজরো নঙনা
নঙনা চুম্লম্লে নঙনা ফংজৌদা'
পীবীখিবা বর পলেম মচেম্মা
ফংজরে নোংবান্না হাওমু লোক্তা।

মৈশা কল্লক্লবা য়াংদৌ লম্বী
ওইহৌখোনে নঙনা তলা পাম্বী।

পিনা য়োমদুনা মূর্তি অমত্তং
শাগৎজৈ ব্রানা লায়রবী ঐনা,
মোইরাংনা খঙনৈ খম্বা হায়বদং,
হিংনা লেপ্লবনি নুংশিবনা।

কনা থিরুনি লমজা-শারানা
কপ্পনা ওইখি অরোইবা পাম্বে;
খোল্লাং ইনবীখি লোক্তাক ইমানা
পাউমেন্না ওইনখি নাউশুম ঈশৈ

ব্রার-ব্রাবগা থম্মোয় অসিনা
কনা উখিদে চীংউ নত্তবা;
কপ্ল-কপ্লগা পোক্লকপা প্রেমনা
মচু শঙবীখি ইদু নিংথৌবা।

পীথিবা লাইজ ঈশিং ঈংলবা,
লাইববী মচেম্মিনে, কোংয়াম্বা!

চৎখ্রে হিংসা মালেম থাদোক্তুনা
ঙসিদি রাবন ঐনা তুবদা—
লাক্লে নুংশিবা থম্মোয় ফাওদুনা
হৌজিক্তি রাবন ঐগী থম্মোয়দা !

'ওইখ্রে মালেম ফজরবা লৈকোল
শাৎখ্রে থব্বায়সু লৈরাং ওইদুনা;
হাখ্রে লৈনম্না মপুগী লাইকোল,
নিংথৌ ওইনীংদ্রে অমুক হন্দুনা।'

'পীনৌ ঐঙোন্দা খূরুম অনীদং
লাৎচগে নঙবু থম্মোয় আসন্দা;
নিজৈ পীনবা থম্মোয় অদুতং
কপচগেনে রামায়ণ শকপদা।'

বঘুপতি রাঘব রাজা রাম।
জয়, পতিত পাবন সীতা বাম ॥





পীশুম শুক্কোক্লি কংস নিংথৌনা
মৈরী ওইরক্লি হিংসাগী চাংজৌ;
পিরাং শীন্থরি য়োৎহ্লিং-ফলাংনা
দর্শন ফংজবি কৃষ্ণগী চেংলৌ।

নুংথিলগী মীনীল অহিংগী শান্তি
মুকখাযনবি কৈশুমশঙ মনুংদা;
অবেম্বা তারি হৌকবা ক্রান্তি,
লূপখি ঙম্না অচীকপৈ গর্ভদা।

লৈবমদ্রবা ঐসে কৈশুমশঙদা
ফাওবম্লোই অসি যৌনা ৱাবসে !
তাবমদ্রবা অৱাবৈ ঈপাক্তা
খঙলমম্লোই ঐনা লুব মবেপসে !

নুংশি-মীনোক্লা পীবি অৱাবা,
অৱা-মীনোক্লা উবি নুংশিবা।

## ৬১

ঐগী থম্মোয় ওইজরে ইশঙ্গায়
হাংজরে থোঙজাও মাইকৈ মরীদা,
লাক্লো মালং, ঈংহল্লো প্রেমালয়,
হাহল্লো লৈনম, মনুং-মপান্দা।

ঙসি, লাওনা হাংজরে নীংনশঙ
আসন থাজরে লাইয়াম পূন্নবা;
লেঙলক্লো লাইয়াম হোঙবীরো লাইশঙ
অভিষেক তৌবীরল্লো 'নুংশিবা'।

থম্মোয় ঐগী ওনখ্রেনে ঙক্লৈবাক !
লিনগা হংঙোইগা মরূপ শান্নরে;
মালেম পূম্বা ওইখ্রেনে ঈংলৈবাক !
কৈনা শজি নুংশিনা লেকখরে।

মীকপ থোক্লকপদা নুংশিবনা
চেৎনা কোনবীরম্মী ফজবনা।

## ৬২

অমদা লৈরে ওইরি পৃথিবী—
নঙনি, পৃথিবী, ঐখোয়গী ইমা;
অমদা চৎলে কৌরি পৃথিবী
ওইরি নঙনা ইমাগীসু মমা।

তম্বী নুংশিবা মমা খূদিংনা
ফংজরে ঐসু ইমাই নুংশিবা,
চাউরক্লে নুংশিবনা যোমদুনা
থেংনদে নুংশিবদা অপীকপা।

পৃথি' পূম্বা ইবৈবাক্নী ঐগী
ইচীন-ইনাওনি মীওইবা খূদিং,
ধর্ম পূম্বা ইবলনি ঐহাক্কী
নুংশিবনা হোইবি থম্মোয-লীচিং।

নাইতোম তারক্লবা মীবৈবাক্তা,
খোল্লাং ইনবীযু ইমাই তম্পাক্তা।





মীনম্বা নত্তে উরিবা সংসাব
থম্লোই কৈদৌনুং থাপ্না তুংওইনা,
লৈতবে অমুক অতোপ্পা বিচাব
চিংলকপনা খৃজী নুংশিবনা।

ফত্ত-হৌদি পৃম্বা খোমজীন্দুনা
কাহনগে লৈহাও লৈখোঙ অপৃম্বা,
যোমহনগে লৈপান হেল্ল' লৈবাংনা
মীনম্ববা লৈবাংগী ফজবা ?

মালেম লৈপাক্লা শাবা হকচাংসে
লাইশঙ ওইনগে থোইনা শেংলবা,
কংকে ঙাংলৌখা থম্মোয লৈবাংসে
মীনম্ববা পোক্লকপা নুংশিবা ?

লৌশিনখিনি ঐ পীনবা পৃম্বা,
থিখিনি লৈনুংদা থম্বৌ তাবা।

ব্রাংল চীংদোন্দগী যেংখিবদা
নুংশিনা উবি তাম্ন দৃশ্যনা
ঙসিসু ঙবাংগুম হৌখ্রবদা
কপনীংই হৌনা পৃক্লিং নুংশিনা।

পুন্সি কোঙ্গোলনি ঈথক্তা ওংবা
কৈদৌঙৈ তাকপা খঙদে কনানা,
তোবর্বান অনীনা অব্রা-নুংঙাইবা
চপ্তুনা চেন্থবি পন্থুং যৌনা।

নুংশিবা হেল্লকই মীওইবসে
বিদাই লৌনবক্লবা মতমদা;
ফজবা হেল্লকই পৃথিবীসে
লৈহৌবনি খঙলকপা পৃংজাদা।

পুন্সি নঙসিবু দৃশ্য অমবা
থাপ্ল-থাপ্লগা হেন্না নুংশিবা ?

অরোইবা পূম্বগী অরোইবদা
লাকখিনি 'নুংশিবা' নঙবু লৌবা;
খঙলক্কনি নঙনা মতমদুদা
ঐননি হল্লম্বা অর্থ পূম্বা।

দিগবিজয় চংপা ফমলেন থোন্নবা
লমখাঙদা মায়থীনি নুংশি-খূত্তা;
কোরৌগুম থক্তা মঙাল নাইরম্বা
অরোইবদা থুংনি অশি-থোঙদা।

শীংলম্বা খূত্তুম কোম্না থারনি,
পিরাং ওইহৌনিদো শাগে-নাতৈ;
তোংলম্বা হি তোবর্বান্দা লৈহৌনি
তুংওইনহৌরনি নুংশি-পোইরৈ।

থারো লৈপান নুংশিবা খল্লগা
ঈশিং চাইরক্কে নঙনা শিল্লগা।

উরে নুংশিনা ঐগী য়েক্লবা,
য়ারে নুংশিবনা নৈরকপদা;
তৌরি খরদি ঐগী চাক্লবা
মঙ্গৈংজে শান্তিনা ওৎলকপদা।

চারে নুংশিবা, থক্রে নুংশিবা,
ঙমদ্রে খাঙবা নুংশিবগী নীংঙাই;
তুম্লে নুংশিবা, মঙলে নুংশিবা,
য়ারে ওইবদা নুংশিগী মনাই।

লেপখ্রে পূম্নমক ঐগী মীচঙদা,
ইমান হেক মান্নখ্রে কৎনবনা;
লূপখ্রে পৃথি'সু শান্তি-মঙলান্দা,
কোরৌমকসু ঈংখ্রে থাজগুম্না।

লৈখিদ্রে অৱাবা অযোধ্যাদা,
মৈচাক খাঙলগে খূরুম পুবদা।

-লোইরবা-





## অইবগী ফোঙথ্রবা লাইরিক

### 'শম্বল ঋাংমদা'

... তশেংবদি অইবনা নেচরবু নুংশিজবদু পূক্লিংগী ইথিল ওইনা শৈরেংশিংদা ফোঙদোরকপনি । 'Love and gratitude towards Nature is so high and deep'

*Dr. Umananda,*
*Nandan Clinic, Moirang*

*28 October, 2001*

- The poet goes through transcendental philosophy.... in his vision depicts a world sans sin.

*Konsam Kulladhwaja,*
*Sangai Express (English)*

*2 September, 2001*

... মহাক্না শীজিন্নরিবা মেতাফর, সিমিলি অমসুং ইমেজরীশিং অসিগী নীংথিজবা মচাক অসিদা মণিপুরগী নীংথিজবা মশকশিং ফন ফন চোংথোরকপা অসি পাবদা হেন্না নুংঙাইহনবা পোকহনবতা নত্তনা করিনো হায়বদু হেক হেক খন্থহল্লি । ... সোনেটকী অরোইবা পরেংশিং অসিনা পারিবা অমসুং তারিবশিংদা তাবদা নুংঙাইবতা নত্তনা করিনোনে হায়দুনা খন্থহনবগী মগুণ অমসু য়াওরি।

**ওক্তোবর ১৪, ২০০১** **ইবোসনা য়ামবেম, পোক্লফম**

... শাহৌদি রোমান্টিকনি অদুবু শৈরেংশিংগী নুংদা মতমসিগী ওইবা ঈথক ঈপোমগী ঈব্রায় ঈনিলদি অপাবশিংদা মপূং ফানা ফংই । মদুদগী য়াওরকই মহৌশা খুৎশেমগী ফজবা মরক্তা লৈঙাকলোনগী, খুন্নাইলোনগী অমসুং ইলুজন কয়াগা শাগোন্নরবা আইরনি ওইবা শৈরেংশিং অমদি ব্রাখল পূক্লিংগী অথূপ্লা ইহুল ফোঙদোকপা শৈরেং কয়া ...

**মে ১৯, ২০০১** **ডা. লনচেনবা মীতৈ, সঙাই এক্সপ্রেস**